# ৱাহৈ খরদং

শ্রীসমোম রঘুমনি সিংহগী অহানবা ওইনা খুৎথাক্লিবা 'ইমাবু অমুক্তদি কনসি' হায়বা ৱারি মচাগী লাইরিক অসি মপুং ফানা পারে। পীক্লবস্থু পীক্লা য়াওক্লিবা ৱারি মচা খুদিংমক মপুং ফায়। শিজিন্নক্লিবা ৱাহৈ ৱাতাশিং চপ চাবা সাহিত্যাগী মতিক ময়াই চেক্লি।

নহা ওইক্লিবা অংগী খুৎইনি, পাক্লবদা খোয়াংশোংনা ইবা অইখা অমগী শৈবা খুৎকী মখি ভাবা উই। পাক চাওরবা সহিত্যাগী ঈপাক্তা শ্রীরঘুমনি সিংহগী "ইমাবু অমুক্তদি কনসি" হায়বা ৱারি মচাগী লাইরিক অসিনা য়ামদ্রবদা মতেং পাংলে।

ভুত কোইনা য়াইফবা পুন্সিদুনা অনৌবা খুৎই কয়া পুথোরকপা ওইসনু হায়না তাইবং মপুগী মফমদা ঐহাক্না নিজরি। য়াইফবা ওইয়ু। মায় পাকপা ওইয়ু।

ইম্ফাল,
তাং ৩১/১০/৮১ ইং

অইবা নহাকী
এন: পাচা মীতৈ

# করিগুম্বা খরদং

শ্রীরঘুমনি নেংথিবা মইহৈনি। ইৎনদম্বদি নত্তে। মহাকী লাইরিক "ইমাবু অমুক্তদি কনসি" হায়বসি ৱারিমচা কয়ানা পুল্লগা শেম্বনি। ৱারী মচাশিং অসি মীতৈ খুনাইগী শন্নিগী মমুংদা থোক্লিবা থৌদোক ৱাথোক কয়া – অৱা-মুংঙাই, নুংশি মুংওয়াচিংবা, অসিবু মন্না য়েংসুবগা ইবা ওইনা তৌই। চন্না ইবনি। মপুং-ফানা শাৎকাইদ্রিবা টিনি চম্প্রাগী মনমগুম্বনি। নোংমদি শোইদনা অইবগী কলম মচিন্দগী শাৎকাইরবা কেতুকীগী মনমস্থু নমলকখিগনি হায়বসি চেংনা থাজবনি! খুনাই অসিগী পাখং-লৈশাবীশিংগী লমচৎ-শাজৎ থাবদা চন্না-মুংঙাইহনলি অহুবু ফজবা ৱাহৈ-ৱাতাশিং শিজিন্নবাদা অৱাৎপা খন্না লৈরবস্থু শ্রীরঘুমনি শোইদনা

# য়াওফম

ঐহাক হৌখিব হায় ভুক ভর্সুরবী হাজিজি। হাবী মেবা-ওইবদা মত্তিব চাবী অমমা হায়বদি ঐহাক খংজদে। কা মেলা লাইব্রিক কবা ওবমরবদু ইশানবী হাত্রী মত্মামশা রেনেবদা নোপতে হায়না লোইত্তে। ঐনা খজবদা ইশাংশে লাইবিকী মরমদা মীমা হেজিনবা য়ারয়োই, অদুবু কনানা খংবা।

## কবি নুংশীবো

ঐহাক কেজবসু খরা পামজবী হায়বহুনি। ইশানা ইশাগী কেজবা উবদা মনিপুরদা ঐমুক নাপ্পবী মুপী লৈরম্মোই খঙ-বিবনি। ইমাগীশিংগী মরক্তগী 'ঐবু কেবদা মচুম তারে' তুমিন্না হায়নবা ঐদু তাদবা এত্তে। অদুবু কবিগী মখোয়না মখো তেংগে হায়বদি লৈতদনা মীগী শিত্র য়েংলিবা? তাইবংগী হৌনবীরনে সিবো। কবিগুম্বা ইতুংদা মুপা পাখং মচা মশা তনাপ তনাগ্নগা হুরক্লবদি, লোইরবে স্কুল য়েখিবদা — গীতা ওসাইগীদু ফওবদি কন্নকইহে। খুমই ঐনা 'ক'রবো' ইমাম্নবী অমনা ওওশিল্লকই;

— ওসাইগী মশা শানব, গাভী তোংবদো, মবুক ফদৌ মাল্লি হাযবা।

অমনা অমুক ঐদি য়াম্না ফজেয়েমী। ভোনা ভোরিবা মশক্কা মশক -। লোইরম লোইফাংত্রিভেদা অমনা নোংল্লিকই, ওসাইগীদুরা গেট ফাওবা লাক্লবদো। হোইনে, য়াম্না ফজেরেমি। গীতা হোইদি মরাইবক কৈদকো। ইপুরীংদদি ইরাওজে 'শক ফজবা, য়াশী লৈবা মুপানা তুংইমরকইপোংনি। অদুবু চীনদি হায়রবী — ইখেন্না নোয়মু হাকমখে। ইমেগী মচাদি চুম্না লম্বীদা থেংনবদ্রি মরাম পুম্নক তুখিন্না লৈরমদি অখিনা ইমেগী মচানবু খুদিং খুদিং লাইবেম মতুং তা-ইনথংগুম ইনবরনে? বীরানা অমুক্কমু ওবলকই—

কবিগুম্বা ঐনা চিঠি থাম্লকে হাঙ্গম্বদি তোকপগী মমিংদা পীরকউ। মাগী মমিংদি প্রেমজিৎ কৌই। 'মুংশিবগী + অথৌবা' কন্নাবা কনবা মাগী মমিংনো, মীং অমিনা ঐবু তাত্তহল্লে। ঐগী থম্মোয় ইথক হৌহল্লে। 'ঐগী মুংশিবা লৌকিক "কনদোবা তাবা"? মমিং খুদিংগী ইকুং ইমথদা চোকথবা লৈত্রবা নবেন, সুরজিৎ, বীনোরথোয়না কনদোবা মংখায়না ইরেকাই, ইমনদম মচা অহুগা মাসা অা উল্লিপোক্তগী মচিন মন ও অনিগী অতোপনবা। ঐবা কবিগুম্বা নবেন মত্রগা সুরজিৎতা লৈবা থোক্রো, ঐগী কজবগী মাপল কাজল্লিবগী কনানসু খংবীরোই, চকু উয়ানগী লাংদা তাহনা তোকনি। খোংগী খুনিংনা ইকং থাদা লৈবাক চেথাইবগুম চেথাইরকনি। চোংমত্তা ফাওবা কেজবা ফংলোই। তমনবা শেগাইবা ফিজোলদা ইপুম্নি অসি লেমবা তাগনি। প্রেমজিৎ, থম্মোয়গী প্রেমজিৎ মঙোন্দা লৈবা থোক্রবদি ঐগী শকী কজবা সহবগী কাচিন কোয়া য়োগনি, মুংশি-থোইবা মাগা লোইবনা সহবগী নিলখোংবা মবক্তা কোইনা চংতুনা শকী মাপল কাম্নগনি। মমিং খুদিং কজবা ফিজোল শেংতুনা মতম লেনগনি। পুম্নমক্কী উরগা বীনোয়, সুরজিৎ মংখায়না কল্লকনি। সখী, বীনা, সুমতি থোয়সু মীহৌচাওবী মুপীগুম তৌগনি। মসি নত্রাগে মুপ্লীগী অপাম্বা। অপাম্বা ফংনবগীদমক্তা মুপী ঐখোয়সু কনাগুম্বা মুপ-নহানা নংবু মুংশি হায়রকপদা য়ানিংবা লৈরবসু য়াশিন্নদা লৈরিবা। থম্মোয়গী অপাম্বা ফংঙবা মতুংদা ঐখোয়গী পামদবা শাবা মতৌ থাদোক্তুনা য়ানিংদ য়ানিংদো যাবগী মতৌ। ঐসু ঐগী খংগৎলবা মুংশিবা মাগী মফমদা চিঠি অমুক ইনখ্রে। মা ঐ মুংশি চিঠি হন্দোক-হনজিন তৌবদা মতম কয়া হৌখ্রে। মাগী চিঠি অমদা হায়রকই— ছুটি থোরকপদা তোম্বখোয়দা লাকনি মহুদা থেংনসি। ঐহাক গুমখৈ নৈংতনা হয়াওই শক উত্রিবা মুংশিবা মাসু শোঁয়দনা উবা ফংলগনি অহুগা মাগা লোয়নবা কোয়গনি, চংকনি। খনোংমসু ছরকখি 'ঐগী কোটো অদা পীরকউ। মাগীসু থাবকে। ঐথম্ম লেবা কোটো অমা তাত্তোয়গী এড্রেসতা থাখ্রে, হায়খি ঐসু

—'গীতা চৎলগে মতুংদা অমুক উবগনি' হায়রম্নগা তাতোম্বা চৎখ্রে। খল্লি পুক্কিংদা, "তাতোম্বনা ঐখোয়গীদমক্তা কয়াদা য়াবীরবা'। ঐ কাদা চংলক্ত্না ময়োমদো কাক্ত্না য়েংশুন্নি, শারী অমগা চিঠি অমা য়াওরম্মী। চিঠিহু কাক্ত্না য়েংই। মানা ঐগীদমক্তা শারী অসি পীরক্লিবা মানা হয়েং থোরকলগা করি তৌবা। মানা হয়েং য়ুমদা থোরকলগা ঐনা শাড়ীসে শেংলগা মাগা ঐগা কোইবা চৎমিন্নবা। ওখোকপী মীনিদা মসিগী মুপাসে। করি! ঐনা মাবু মুংশিবদগী মানা ঐবু মুংশিবনা হেনলিবা হায়বা, মাবু মুংশিজনা ওসি জাওবা তাইবং কনাসু খংহন্দা ইদোম থম্মোয়দা চাক্লিবসে মানদি খংবীদবনি। মুম্বা মতা সিদা মাগা হকথেংননা ঙাংনররদি ফগদৌবা। মাগীসু চমজনবা ঐগীসু অশেংবদো খংনবা, ঐহাক চিঠি ইদবা য়াদে। ঐগী মুংশিবসে মাগী মমদা ময়েক শেংনা খংহনখিনি। গীতানা কদাইযাংবা প্রেম-জিৎপু মুংশিবা হায়বসে।

তাতোম্বা তোইনা ঐখোয়দা লাকই। মাগী মরমদা ওারী কয়া শাই, তাতোম্বনা অখংবা মখে ঐঙোন্দা তম্মী। প্রেমজিৎনা ঐবু কয়াগী মতিক মুংশিজবা তাতোম্বগী মচিন্দগী তারে। মখোয় অনি ঙাংনখিবা পুম্বা লোইনা ঐঙোন্দা তমই। তাতোম্বসে পুকচেলদি শেংজবা মুপানি। মঙোন্দা লৌথুপ লোকোই লৈতে, দং দং হেক্তা হায়দোকই। নোংমা মুমিদাংৱাই অমা তাতোম্বা ঐখোয়রোমদা লাকখি। কদাইদা চৎলুবনো হায়বদি ঐসু খংদে।

- তাতোম্বা কয়া কুইরে লাকপা? কদাই চৎলুরিবনো!
 হৌজিক্তা ঙাইরিদা পাও তমগে লাকনি।
- তাতোম্বা নহানবু আদা চংলুবরা? মাগা থেংনরকপরা!
- অ চৎলুই, প্রেমজিৎতো।
— মা লাকনি হায়বহুদি করি তৌরবগে? লাংতক্লনা হংখি ·· ···।
- মহুগী মরমদা হায়গে লাকপনি ঐনা লাক্লিবসে, নহানদো মা লাকদবনি অহুদা মখোয়গী মনে অমা আ মোইরাংদা লৈবহুদা চৎতবা য়াদবা

থবক অমা চংলুবদগী লাক া উমজে। নোংমদি মা শোইদনা লাকখিদি হায়হৌই। মাসু য়াম্না মুংঙাইহৌদে। লাক্তি য়াম্না লাক্লিংবা তান চাদবা হায়বহুনি। ঐসু চংলগে থবক অমা চংকদৌবা লৈ, নোংমা অমুক লাকে।

—তাতোম্বা রা অমতা!

—করিনো? মাগী পাউথুমর্দি।

—আ! মাগী ফোটোগা মহাললাই পীখিবা লৈবরা?

—হোইনে। ঐদি ইকাও কাওকরে. ঐতোন্দা লৈ নোংমা তাঙা চাবা অমদা পুবিরক্কে, ন ংনা নিংশিংলকপা য়াম্না করে।

- য়াবিদা চুম্না সুম

—কৈদৌবগী য়াগদৌরীবা ঐনা শোইদনা পীরকনি ঐগীসু নংতনা। ঐ চংলগে মুমিংসে থেংলে. থবকসু অমা লৈ।

তাতোম্বা চংরে, অদুবু ফোটোগী মরমদা থরদি ইকাইহে মাসু কোক পীথোকপা য়াবনি।

নোংমা তাতোম্বগা ঐখোয় ইমাম্নবী ময়াম পঞ্চমী লাই খুরুম্বা চংলুই। মুমিং অদু মা য়াম্না রাখি। গাড়ী বেরা তৌহনা খোঙনা কয়া শাংনা উনখিবা। ?রগা লমশাংদো মাদি নোক্ত নতা লৈখি। মাগী মতৌদা ঐখোয় অগাবা খংখিদে। মাগী নোক্ত নতা লৈবা মাইথোংহনা তাক্লি তাতোম্বসে মুংঙাইবা হৈবা মীনি। তাতোম্বসিবু মুংশিনবা কনা অমতগা লৈতবা জাৎলা। নোংমতসু মুংশি-মুংওনগী মরমদা রারী অমতা শাদে মাগীসিবু মুপী নহাগী অপাম্বা হায়বদো মংগোন্দা পক্ত্রবরাৎলা নম্রগা ইকায়হুনা তৌফিবা জাৎলা? হৌজিক্কী মুপ নবু লৈরমলোই হায়বদি ঐদি থাজদ। অদুবু ঐ অমুক্তংদি হংগে। নোংমা ঐ ইমাম্নবী লতাহোইদা চংশুবনি হন্নকদে। তাতোম্বা থেংনহনা য়াম্না শাংনা লাকমিম্নে।

—তাতোম্বা রা অমতা হংগেবা শাওগত্রা? মানা হ য়

- করিনো অমা নত্রবসু তরা হংড। তাতোম্বা নত শাওদি শাওরোইকো।

ঐগী ব্রাহ্মণদা মা খরা চিংনবা যাল্লি। তগ্গা হায়রকই —শাওরোইনে করিনো? ঐবু শাওগনবা মীরমে? মাগী মতৌহুদা ঐ তোল্লসিন্না খনলে। তগ্গা হায় —অহুবুরো!

—করিনো? হায়গনি হাইরগা তুমিন লৈরদি

—তাতোম্বা নংবু মুংশিনবী মুপীগা অমত্তা লৈতবরা? তাতোম্বদো মমাই ইচপমুক ভাংখিহুনা লৈমায়দা লৈথহুনা লৈখি।

মাগীসি ঐভোন্দা ইকাইরিবা জাংলা। মমাইদি হায়গংত্তে তাতোম্বদো য়াম্না তগ্গা হায়রক—'লৈ'

—কনানো? মশক খংবা য়ারোইদ্রা?

—য়াই, মখোল কাইরগা হায়খিবা মাগী ব্রাভাংনি, ঐনা মখা তাখি—'কনানো ইনম্মদো মশক অম্ত্তা খংগে, করিগুম্না খেংনরবদি কৌননবা।

—নোংমা তাঙ্গা চাবা অমদা মশক তাককে, ভসিগীদি চৎলগে হায়রম-লগা মাংদা হেনগৎতুনা চৎখ্রে। খল্লি, মাগসি ঐভোন্দা শাওরীমাক্কে অহুবু মানা লৈ হায়রিবসিবু কমানো? ঐদি মাগীসি লৈরমদৌ মান্দে, মনা ইকাইহুনা হারজিনবা মল্লি। অমবু ওইরবস্তু অমবু ওইরবস্তু তাতোম্বগী কনাগুম্বী অমা লৈরম্বা ওইসবু হাম্বনা খনবা নত্তুনা ঐগী করি উপাই লৈরি। য়াওশং মতমনি, খাবল চোংবা কয়া অমা ঐখোয় লৈকাংরোমদত তাতে মসে লৈ। কনাগুম্বা হায়নৈ 'তোম্বসে ঐখোয় লৈক ইদগী কনানো অমা পুগদৌরিকে'। খল্লি ত তোম্বসিবু লৈকায়সিদা অপাম্বা মুপী লৈবা জাংলা। লৈরবদি ঐভোন্দা হাম্ববা য়াইসে। চুম্না মুম খংনবগী পংলাক লাকপা ওইরিনি। নোংমা তাতোম্বনা হায়খি 'হুন্দক্কী থ বব চোংবদদি শোইদনা লাকপা য়াই', মহুদা ঐনা কয়াদা হয়াওজখিবা। কুইনা শক খংনজবা মুংশিবা মাবু উরগনি, হয়াওনা বারী শাম্নরগনি। অহুবু করি তৌরবনো মাপি মুকলাক লাক্তে। ঐ তাত্তোম্ববু য়াম্না শাওনিংই, মানা হায়জম্নবরা হায়না। মানা হায়বা খুদিং নোংনতমু লাক্তে। পুক্লিংদা [redacted] তাত্তোম্ব, বাখৌই অমুম্না শাওশংদি লাংম্বোকখ্রে।

ঙসি কৃষ্ণ জর্ম্ম থুমিংনি গারোক মহাদেববু খুৎনা যাত্রিক ময়াম চংলি। মৈতে লৈবাকী চংনবী পুমণৌ ফনেক শেত্তুনা লাই থকুনা চংপা হায়বসে মমাংঙৈদগী হৌনা চংনয়রকই। অহুনা ঙসি তাতোম্বনা চংসি হায়বদগী ঐখোয় ময়াম লাই খুরুম্না চংলি। অযুক ঙন্না কৌগৎতুনা ময় মহৈ লাক্কুনা বজারদা পুল্লরে, বজারদগী মাগী মাগী গাড়ী তোংহুনা চংলি মহাদেব দর্শনগীদমক। ঐদি তাতোম্বনা পুবিরম্মী। য়াইরিপোক বজারদগী মহাদেবগী খুয়া থম্বালগীদমক্তা চংলিবা ময়াম অহংগী মরক্তা ঐখোয়সু য়াওরী। মাগী মাগী থোকপা চংমিন্নরিবা মথাম্না বা বা নোক্কুনা চংপনা লাইফম য়ৌবদা ইনা বাহৌদে। লাই খুৎহুবা মতুংদা ঐখোয় য়ুমদা হন্নরক্লে। হায়রুম ঐ তাতোম্বগী গভী মনিংদা তোংলি। য়াইরিপোক্কী হেন্দারকপা মতমদা—গীতা করি করি বয় নিরকপগে ?

— নিংবা থুংজগে হায়না নিরকই, তাতোম্বগীদি ?

ঐগীদি নিরক্লে' হায়হুনা তাতোম্বদো মাগী থৌফম থোকপা গাড়ী অতুম থোরী। ঐখোয় ফম কুইনা বা ভাংনদনা চংলি।

—গীতা। বা অমতা হাযগেনা, তপা হায়বা মাগী বাহৈনি। ঐনা হায়— করিনো তাতোম্বা ?

- ঐনা হায়গদৌরিবসি নঙ শোইদনা ঐঙোন্দা শাওগনি অহুনা ঐ হায়নিং .. .. — ।

- শাওরোইনে, তাতোম্বা করিনো হায়যু ?

— ঐ হায়ররোইদা গীতা।

— সৈত্য শাওরোই, নংনা হাযনীংবদো হায়যু

— 'অহবুরো' হায়রগা মখা তাগিদ্রে। মাগী মওংসিদা পুক্নিংগী খোইরাংবা অসুম অসুম হেনগৎলকই। ঐনা হায়করী— করিনো তাতোম্বা হায়রম্মী ? — 'ফরে গীতা ঐ হায়রগে' নঙ শাওম্বকো। মাগী বাংনাংসিদা হায়জবগী বাহ অমদি তৎহনা য়াওরি। তপ্পা কৌরকখি গীতা। ঐনা খুমহুরী 'হুম'

— উরিপোকী প্রেমজিৎ
- প্রেমজিৎ করি তৌ রবা, হায়রু তাতোম্বা মাবু করি তৌরবগে ?
— উরিপোকী প্রেমজিৎ হাপ্লবদো অতৈ কনাসু নত্তে, ঐদি ।
- তাতোম্বা ! পাওখুমসিদগী হেন্না পীবা ঙমখিদে ।
- অশেংবনি গীতা ! নহাল মথৈ — — - ।
—মহ ঐগী ইরালনি। করিগুম্বা ঐনা অশেংবা হায়বা থোক্লবদি নঙনা ঐবু কৈদৌঙৈদা মুংশিন্নমলোই। নঙনা প্রেমজিংকী মফমদা লৈরিবা মুংশিবা অদো ঐগী ইফমদা করিসু লৈরম্লোই। নংবু মুংশিরবা মিকুপ অহুদগী নঙগী নফমদা মীনম্বং কয়া ঙাংগ্রে। মসিগীদমক্তা ঐবু ঙাকপীয়ু। মতম কয়াগী মমাংদগী নঙতবু নিংশিংজবনা ঙসি কাওবা লেপ্লকলি। গীতা! মৌজিত্তী নঙগী রাখল মঙাইরে।
— তাতোম্বা ! তাতোম্বনা ঙসিদি মুপী সমাজবু নমথনব. হোৎনবীরমলেদনা।
— নঙবু হেক উবা মীকুপ অহুদগী নঙবু মুংশিজরুবনা অফ-ফত্তগী রাখল করিসু খনবা ঙমখিদ্রে। ঐগীদা ওইবা রাখলসিনা লমজিং ওই, মীনম লা'না নঙবু ফাননবা হোৎনরুবা, কোকপীফম থোক্তবা ইরাল অমা নফমদা লংজখ্রে। মসিগীদমক ঐবু ঙাকপীয়ু।

ঙসিদি ঐ মীৎ পাংলে। শকখংদবা মীশক অমদা ঙহাকী ওইবা রাখলনা মুংশি লীশাং থা, মাবু থাজরুবা ঐতগী ইরালনি। করি মুংপীনো হায়বা ঙসিতা খংলক্রে। অহুবু শকখংদনা মতম কয়া লোৎশিনরবং মতুং, ঙসিদি ঐগী ইফমদা অশেংবা শক্তম ফোংলম্লবদা ফোংলরবা মীশক অহুবু ঐনা করম্না — — ।

নোংমাইজিং
তাং ৮/২/৮১ ইং

বিজয় হুরিং খুদিংগী থবক চংত্রিভেদা থবর পাহ্না লৈবাকী ঈ-পাউ থগুবা হায়বসি মাগী মোংমগী তৌদ-হ্রাত্রবা মখৌঙুম হেক তৌই। মোংমতং থবর পাদবদা মশাদা কন্নিগুম্বা অন্নাংপা ১ হেক থোকই। অহ্না ঙসিসু মোং ঙাববদগী তৌগদৌবা মথৌ লৌইরগা পুক্তিদা ঈরু-নাইথরবা তুংদা থবক চংমবা ফি শেংপা লোইরগা সোপ্পদা কমতুনা খবর পামবা হোংনন্নি। কুন্নিংখাওদগী প্লাসতিক্কা ক্রেম চনবা আনোক অহ লৌগোক্ত্না উপ্পগা টেবলদা লৈন্নিবা খবর অহ তাপ পাইখৎতুনা য়েংই। মচিন্দগী থোকখি— 'হি কন্নিনো সিদি।'



# ইমাবু অমুত্তদি কনসি

"হরাং থোকপ্রম লৈকাই; অন্নাং কোজিনগী অশোংব নারক্ক। পে'কপ্পা ঙাইরিবা অঙাং ১ হুন্দোকলমলে। রাকফিং চংপা নহারোল-শিংনা থেংনহ্না পুলিশতা শিন্নখে, হায়রি। মসিনা মখা ত রি, অঙাং অহগী ইমা মপাদা একসন লৌখৎনবা পুলিসনা কেস অমা রে জজ্হার তৌখে।"

কন্নিনোমে হৌজিক কালাই থৌদোক রাথোক শিংসিবো? কমানো মসিদা ঐখোয়দি মাগী মমা মপানি হায়হনা চোংথোকপীরু-দৌন্নিবসিবু! মপানা অন্নানবা লমচং চংপুবগী সমাজদা লোত্তুনা লৈন্নিবা মখোয়না; ঐখোয়নি মাগী মমা মপা হায়বদো, তাংনা পোক-কন্নি। মসিবু কনগী মালমো? তাইংসিদা নোনা পে'ক্লকন্নিবা অঙাং অহগী মরালনবা? মমা মপা ওইন্নিবা ইবুংঙো-ইবেমা অসিগী মরালনরা! মত্রগা মখোয়গী অহল লমংশিং অহগী মরাল্লা ওংোকপনি। শ্রীগোবিন্দনা কে হ্নিবা লমদম অসিদসু অসিঙন্না রারীসি তোয়না থোক-ৎবোইরে। মখা অমুক রেংথৈ। বিজয় সাহেংনা নাতোন নখাংদা তারক্লিবা আনোক অহ ইনখৎতুনা ~~অয়েক অচৌবদা~~ ইথন্নিংদা য়েংলি · "হৌজিকী সরুক.র অমদি শেঙ্গা থুমজ্জা"

"এইকেসন মিনিস্টর অমদি ফাইনান্স ওইবিরবা মোহে হুভোই মতু গনাও অনিনা মখোয়গী হায়া লৈজবা দল অহু তোক্লে হায়হুনা দলগী প্রেসিডেন্টদা চিঠি ইখরে হায়রি। পাওমীশিংগা উন্নবদা হায়খি মখোয়না হুভোই বোরোবিগী দলদা য়াওরবা য়াই"।

হৌজিকী য়াজনিতি কাংবুশিংমা তৌরিবসিবু করিনোনে। দল অমদগী দল অমদা হোংদে ক হোংজিন তৌরিবসিবু য়ানবরনে। ঙসি লৈমাকী য়াইতোংবশিংসিনা দল অমদগী দল অমদা চোংথোক চোংশিন তৌরবা মতমসিদা ঙসি প্রজা ভাচক ঐখোয়না তৌ দোরিসিবু করিনো? করম্বা দলগী করম্বা নিয়মনো ঐখোয়না ইনগদে রিবা?

কৈদৌবা "দন্দক প্রি মেডিকেল তয়ব হোম্নবা ছাত্র অমনা লুপা লিশিং কুন পীবদা থনবীত্রে। চেহোল অহুম মখা ভাখি। মসি মুপা অহুনা লিশিং কুনত্রা শুনা পীবা ঙমদবদগীনি"।

হে লুপা! কয়িগীনো নঙদি অহুক য়াম্বা লুপা অহুদি লৈবাকী অঙমদা পীরুবরা? মঙ হৌজিক করি থোক্লে। "করুই কৈওইবা নমীং নমাং হোত্রেং হা" হায়রদো তারেদো। অহুগী শরুকপুদি মুমিং খুদিংগী অহাও-হাওবা চাহুন। পুক নোইবা তম য়াত্রা। মী অমগী অকরুবা লুপা লৈগদবনি হায়বা মতমসিদা এহনা কদাইদগী লুপা? মঙগী হুমাং মমম্না তাঙবা শেংলবা লুপা অহু ঙসিদি মীয়াম এমাংদা উংনুরবনিনা নঙদি শেনজাও পাইরবা মীশক ওইরেদে। চেকশিন্নু মুপা। শেলগী মপু হৌজিকী মফম খুদিংদা লৈরবনি।

'পাবুং করিনো তৌরিবহুবু অ াওবগুম্না পহাংদা ভাংলিবহুবু'?

- "বালা ঐহাক য়াম্না ভাংখ্রবরা?

- "পাবুং! থবক চংলে হিত্রা"? থেংখ্রে।

- "হায়! পুং কয়া তাখ্রে? ইহে পুংসিদি ১০ তারেন। হায় লৈমা; ঐগী চাক্তি। মঅমসিদি আ-য়ৌনা বেংখ্রে। ভাংনা ভাংনা চাকখুমলোমদা চংখি। মচাহনী সুনিবালান। শোলহোই— "ওয়োকপা ঐখোয়গী পাবুংনি। থবক পায়গা অমুম হায়না ভাংবা মীবু লৈরমগন্না?

ওনিংমু অমুক, ওক্তা হৌগৎলুনা বীজয় সাহেবনা মুমগী ইথোল [illegible] থরা নেংশিরলগা ইরু শাইথবা চংখ্রে। ওাইহাক লৈয়গা পুখ্রিদগী কারক্লে, মাজোলদা কমলিবা মুপা অহু উবদা—

—ইবুংঙো তোম্বা। করি থবক্লুনো?

—সাহেব! সাহেবপু অমুক্তা উমজগে হায়দুনা শুম চংথোকচরকপনি।

—কমদৌরি নঙদি। নঙগী মচা অহল অদুদি B. Sc লোইরব্রা?

—সাহেব! সাহেবহোইগী কৃপাদগী B Sc. পাস তৌজরে মচাদো।

—এঃ অদুদি ফয়েনে। পরিক্ষামু পাস তৌরবনিনা থবক মচা অমা তৌনবা হোৎনবা য়ারে।

—সাহেব! মথা তমখিনি হায়দুনা আ মীরৈবাক্তা মমিংমু চক্লরে।

—'মানবু মথা তমখিগে হায়রবদি ফৈনে'। হায় বালা নঙ খুত্তাগী চা-মুংকা অমত্তা তৌদ্রবরা? মুনিবালা চা পুদুনা থোরকই। অদুগা

— 'খুরা! চা থকসি' হায়দুনা তোম্বগী মম ংদা চা গিলাসতু থম্মী।

—ইবেম্মা য়ারে য়ারে! করিগী হোৎনরুরিবনো রায়বা। মতম অসিদা বীজয় সাহেবনা ইরুরবা কার ক্লুন মচামু ীদা

—"হায় মুপী চা ঐগী ফি অশেংবদো থরা পুথোকলকউ।

—পাবুং ফি অশেংবা হায়বদো সিদা লৈরে।

বিজয় ফি হোংদোক্লুনা ইমুংদা চংখ্রে। মশম মনা ফজনা হাত্তোক্লুনা থবর পাগদৌবগী হোৎনরি। মতাং অসিদা তোম্বদা —তোম্বা!

— সাহেবপু।

নংবু করি হায়নিংবা লৈবগেনে হায়য়ুনে হেক্তা।

— সাহেব!

ইহে! হেক্তা হায়য়ুনে তোম্বা করিগী চিংনরিবনো?

সাহেব মুমদৌবনি। মচা বীমোয়দো মানা চৎপদা শেল থরদি পুগে হায়রিয়ে অদুনা থংবীবগী থংবী সাহেবনা থরদংগা থংবীখো,

—"নঙগু রাখলদো কমবলেমা অতাংবা তাংবগু"ঃ অহৈনী শারুক চাক্তো ইংলম্নগনি চাথোকখুরসি। অম্মা মমা লৈবমা পশা মচাগু তাইশিন্দুমা অমুকী চাকলেন চানবা কৌশিমখি। মীনম সাহেবমা মচিন্দা শোন্দোকখি— লৈবাকী সাসমা কনখিবমা মুংশিরবা ইচা ফাওবা মুবা হুমবা। "লৈবাক মচাশা! শোংথরকবা ইমা লৈবাকপু অমুক্তদি কনশি"। মীংলু পীরাং কংদমা কপতুনত লেনলকবা ইমাগু অমুক্ত মিকপ খোক্লোগবা, মীওইবগী অধিকার লৈবা সমাজ অদো অমুক্তদি ওইহনশি কৈদৌবগে।

তাং ১৮/৯।৮১ ইং, ইরাই

---

নোংমা মুমিদাংবাইরম অমা যমুনা রাখল অমগী মংলান্দা তাওহনা লৈরিঙৈদা; মুপামচা অমা চংলকম্মী "হৈচে যমুনা!! খোঙান্দা মী অমনা পীরকই হায়রুন. চিঠি থাউ অমা পীরম্মী। চিঠি অহ হেক থুংবা মুমিত্তগী যমুনগী রাখল করি তৌখিবা কনা খংনি মহৎগী নেং ঙানবদি মাগী কা মমুংদগী মপান থোকখিত্রে।

## কনাগী মরালনো

মৃতম ৭দো অংকী পুং ৭ রোমগা তারম্বা য়ারে। যমুনাগী মমামবী রীতা যমুনাখোয়দা লাকই। মতমহৃদা যমুনাগী মমা ইবেতোনদি মোরোক মখোং শোমহনা লৈএম্মী। ইবেতোমা —ইবেম্মা রীতা মঙ লাক্লিবরা? "হোয় ইমা" - যমুনা লৈতবরা?

—লৈবনি ইবেমা, মানা তোগদৌবসি করিনো হায়রুম অমা খংদে মু মং চুমগী মুংতকনা লৈবসিনা ইমামু হায়রুম অমা খংদহনা লৈরবনি। মপামুংনা মরোন অমা ফংই শায়বা য়াদেকো। ঐ ইকায়কো মসিদা মহাকবা

চংঙ, চংঙ, ইবেন্মা মাগী কাদা লৈবনি। রীতা যমুনাগী কা জন্না ল্যাক্লি। মুন্নলাল কাথংলক্লে, "যমুনা যমুনা" মঙবু করি তৌরিবগে কৌনা (২) কাইদা চংশিল্লক্লে। অহ্ কাওবা যমুনা থুবা তৌদে। "যমুনা"

— "হম। রীতা মঙ ল্যাক্লিবয়া লাও কমুলাও"।

— করি রাখল খনলিবনো নথম্রা ?

— করিসু খবদেদা, ফম্মু।

— ইবেন্মা খংজয়ে খংজয়ে মরাইহুমদি য়াদ্রে।

— রীতা ঐ করিসু তৌদেমা। ঐবু করি তৌয়গে ?

— মঙগী মাইখোংহনা আকপদি মঙ করিনো অমা খল্লি।

হায়রু করিনো মঙমা খল্লিবদো ? যমুনা ওাইহাক তুমিন্না লৈরগা

— রীতা ঐগী পুন্সিসি কায়ত্রবা পুন্সিনিদা।

— করিগীনো রাখল অদুক হায়া হংরিবা, করিগী পুন্সিবু মিন্দা তৌবগে ?

— ঐনা হায়বদি রীতা। মখোয়না ঐগী রা কাওবদি তাবিবা কৈ।

— অহ্ করি তৌরবগে ? মচাবু কনবা শিনবদা অমুক তামকবা লৈখিগত্রমে যমুনা।

— অহ্ ওইরবসু ঐগী থম্মোয়না য়ানিংদে। মখোয়মা খজিকংকাংথোকপীরম্লবদি ফরমগদবনি।

— কাংথোকহৌত্রে, অহ্ করি তৌই হায়বগে মুংশিবা খুদিংমক শোইদনা থুংনগনি হায়বা লৈবরনে। যমুনা, অহ্গী শরুকপুদি মুংওাইবা রাখল খন্দুনা লৈখোকট্রসে। তামোগীসু তামোগী থোকপা মঙগীসু মঙগী থোকপা।

— রীতা মঙ ! ঐগা রাখল ওয়রে ঐনা হায়বদি অসিনি মখোয়না ঐগী রা খজিকং কাওবদি তাবীবা কৈ হায়বা

— ঐনা ওসইবা হায়বহৌনি মচাবু কমনবা শিরবদা কনাগা তামগদৌরিবনো ?

— 'হে ঠাকুর.. মেহেন্দু' হায়রগা মোন রথাদগী মিটি খুট থয়া, অমা ঠাকুরা পাই, ঠাকুরনা কাক্লোক্লাক্লা য়েংলি।

"যমুনা"

'ওসি অদোমগী মকমদা কঙ্গিগুম্বা থম্মোয় হুংগী চন্নবা থাহৈ মতা ভয়াদং কোংলোকচখিবনি বাম্নৌবিগম্বকো যমুনা।

মীওইপোক অমা ওইনা পোক্লবদি মামা হিংলিবা সমাজ অহুগী মরমদা থরদং খংবা দরকার ওইবরা হায়রা খিংবৈ। অহুনা ঐস্ন ঐগী মরমদা খঙ্জিংং হায়জরি। ঐহাক অদোমগী পাবুং অমস্নং ইমামা হায়রৈ হায়বা মখোয়গী মমাম্বা থীরগী মচা থীমোন হায়বদো ঐহাক্লী অমুক্তা ভংথবীখো। শাওখিখিম্ব অদোম য়াম্না শাওগাদগদৌবা মাল্লি। পুকচেল তগ্নী অমুক্তা হংথবীখো! অদোমদি য়েংবদস্নু পুকচেল ভগ্নী ওইগদৌবা মাল্লি। ঐনা হায়জনিংবদি অসিদি ইশাগী অপাম্বনি হায়রহুনা চংলুখ্য কয়া মাইখিখিদবা নত্তে। অহুগা মীগী খোঃশিন্দগী ইশানা পাম্বহুনা চংলুবা-কয়া অমস্নু লমথাংদা অরা অনা কয়া নংদবা মত্তে। অহুবু অমকু ওইরমস্নু অমবু ওইরবস্নু ঐনা হায়জনিংবদি ইশানা জ্ঞান তানা চনিং তানা থনলবা মতুংদা চংলবা লম্বী অহু খুদোংখিবা লৈরবা ফাওবা কঙ্গিগুম্বা খুদোংখিবা অমত্তা লৈতবগুম নিংঙ্গে। অহুনা অদোম্না চংকে নিংলিবা লম্বী অহু চংপীযু পুন্নিং অমি লোংগে হায়না থনবীগস্নু। অহুগা অমনা মমা মপা কয়ানা মচাবু অকবা ওইহম্লিংবা ভাক্তনি। মখোয়মুনা অকবনি থমলিবা লম্বী অহুদা মচাবু চংহলহনা পুন্সিগী হুঙাই য়াইকনবা অহু উবা পাম্মী। অহুবু লম্বী অহুনা অমানবা লম্বী ওইংরমহুনা অরা-অনা থাংদবস্নু নত্তে। মাগী পুন্সিগী চৈস্নু ওইগদৌরিবা মহাক অহুনা ময়াইহৈদা মুন চায়মহুনা থাঙ্ থক্ক মপুন্সি লোমখিবা য়াংদবা নত্তে। উপালনা মও খুইথরক্লবদা কয়া কুইনা হিংবা ঙমগনি। নোংমা নোংমগী অকনবা মুমিংকী মৈশানা কংশিল্লকপা ভাবনি। অম-মোংঙমা পুন্সি চুম্নগী উন্নিনা উপান মঙোন্দা চেংচগদৌরিবা মহাক অহুদা অকনা সমাজগী লম্বীদা চংজহুমা ইত্রিগী অপাম্বা চুং ইম্না

চংথ.বদা [illegible] ওইবী মহাক অহুম্ [illegible] [illegible] ইকাই-হকি
থাদোক্ত.না নোংমগী চান্না তাঁবা হোৎনবা [illegible] [illegible] [illegible]
লকপা চান্না অহনা নোংখমন্নিবা মহাক অহুবু উপাদ [illegible] মহাক অহুমা
থৌশাবাদবা কয়া থোক্তবা নত্তে। অহুগুবা উমী অহুমা কয়াদ কুইনা
সমাজ অসিদ্না হিংবা ঙমগনি। ঐমা অদোমগী মকোদা [illegible]
ইশাবু ইশানা মশক থংবীয়ু। ঐদি কন্নিস্থ লৈত্রবা মীশক অমনি। ঐগী
হায়বদা পাম্বোম তিংখিনবা কনা লৈরি? ইমা অশোনবী অসি নত্তনা,
নোংমগী চন্না নোংখন্নলিব। ঐগী পুন্সিবু কনানম্থ ঐগী মরুপ ওইনিংবা
হৌনদে নোংমগী চান্না নামৎ কাদনা চান্নবা ঐবু ঙসিগী সমাজ অসিদা
হিংবা পামত্রবনি অসিগুম্বা লাইবক থিন্নবা ঐগী পুন্সিদা কনাবু অরাবা
ঈশাক্তা অমুক পুথবা পামত্রে। তাইবঙ কনাবু ঐগী পুন্সিগী অরাবা
শরুক য়ামিন্নসি হায়নিংত্রে। পুন্সিসে ইত্তোমতা মাংজনিংলে।

অদোমদি ইম, ইপা অনিনা মাঙয়োক-নাঙকোন্দুনা মুংঙাইনা
হিংলিবা মীশক অমনি। অদোমনা অদোমগী থম্মোয়না নিংজন্নিবা
মহাক অহুবু অদোমগী পুন্সিগী লেংত্রবা উপামনি। মান্না অদোমগী
পাক্তা তাইবং ইপাক্তা হিনাও শাবনি খনবীয়ু! লমফাংলবা পুন্সি
ইপাক্তা চৈন্ত ওইবনি খনবীয়ু। মীগী থৌইমশিন্দগী চংকদোখা লম্বী
অহুবুদি ইশাগী অপাম্বা মতুংইন্না চংলিবা অহনা হেন্না কবা লম্বীনি।
ইশাগী অমাং অতা কয়া খনলবা তুংদা চংলিবা লম্বী অহুনা খুইদগী
যব পুন্সিগী অমত্তা ঙাইরবা লম্বীনি। পুন্সিগী অপাগা লম্বীদা থিংলিবা
কয়া অহনা ঐগী পুন্সিগী য়েক্লবনি। য়েক্লবা কয়াদগী লাম্থোক্ত.না
চংলিব। মহাক অদো মাগী পুন্সিদা লানঙম ফিন্নাল থেংলবনি।
অদোমস্থ পুন্সিদা লানঙম কিন্নাল খেংনবা হোৎনবীয়ু। পুন্সি ইপাকী
তোকবান্দা লাওন্নিবা কয়া অহুবু তাদনা হিনাও শাবা মাগী মাক্তা
পুন্সি মুংশাংনা হিংবিয়ু। ইবুংঙো ইবেম্মা অনিগী পুন্সিবু কুইনা হিংবা
তখা, থক্তা থোক্লিবা অমম অতান থাইন্নিবা ইবুংঙো মহাক্ত, তোম্বাপগী
লাম্‌পা লৈহৌন্নিবা ঐহাক্তা নওঁইদমক্তা [illegible] নিজবি। [illegible]

অমা ওইখিবনা মুদোল্লা অমখক্তু, ভমজুব ভুমকহৌনে। বাক্তৈৗবীগম্ভু অসিমতনি ঐখা লেংদোকচনিংবা; অদোমনা কল্লিগুম্বা, অরাবা ভাম্বুবা মত্তমদা কন্নাগুম্বা লাইমবা মীশক অমথকম্ভু অমুম বারমগত্রা মিংশিংবীরকউ। মত্তমইদা মিংশিংবিরকপা; অমুবা লাইমব ঐগী পুক্তি মহে য়ানলে, থবজগে। অদোমগী পুক্তিবু ঈখমদা মুংভাই য়াইকনবা নীক্তবগা লোইনবা অদোমগী নকমবগী বিদায় লৌজরী।

অদোমগী,

রীমোম মৈতৈ

—যমুনা অমুক বাবা থৌদোক কন্নিগী থোকহল্লিবন্নো?

—পুম্নমক ঐমনি, কন্নিসু থংজত্রবা মহাক অমুদা ঐনা পাওথাং কয়া চেন্নে। ঐ হৌজিক্তা মিংঙমলক্তরে। রীতা:- অমুবু কন্নি তৌই হায়বগে, হৌখ্রবদি হৌখ্রে, রাক্তরম্ব'। যমুনা:— কন্নিবুদি তৌনি চুম্না মুংভাই-ওবগী বানি।

— হয়েং ময়ুমদা লৈরগা মরাই কুজবা পোংমিদা, কন্নি তৌইগে।

— রীতা কন্নিগীনো নঙনা য়ারেম অমুক য়াম্না ভাংলিবা। ঐগী পুক্তিনা লেপথ্রবদি হোংলরোই।

যমুনা! অহল-লমনগী মায় মুকহেং য়েংলরোইদ্রা? মমা-মপা ওইবশিংনা মতম লৈবা থিবীক্তা মচাবু মাংনবা থক শিনলোইনে। নঙ ইমা বাবাগী য়াথং ইনুনে। তাযো রাজেনমু সংহানি মানা থোকপা তৌসমু

— রীতা! রাহে অমু অমুক পনলমু, মানা ঐবু কয়াগী মতিক মুংশিজে নঙ থংলিবা নত্রা? ঐসু মাবু পুক্তিগী অশেংবা মরুপ্পি থনজখি। ঐ থাওত্রবা পুক্তিদা মহাক কয়া হিংগনি। ঐগা কাইনবরা তুংদা মানা অঙাওবগুম কোইচং চৎপা, ঐনা কয়া য়েংহনা লৈবা ঙমগনি। ঐ মহ য়েংহনা লৈবা ঙমলোই। ঐ মাবু মুংশি হায়রিবসিনি।

—যমুনা! সে কপলগমু রা হায়গে, নঙ পাণ্ডু অমা ভায়বরা? ইক্ষিবা কিজিনা মপী ইবা তৈথোক্ত্রনা — কন্নি পাক্লনো তাজ্রি? খর মপী অমা শাংনা হোৎলগা রীতানা হায়রকই— রাদে নঙগী কিক্তমসিদা ঐ হাক্তদি য়ামিংত্রে। খর মপী হোৎলা রীতানা হায়রিবসিগী অথ

যমুনা থঁংলুবা লৈতে। তোয়না হংই 'রীতা করিনো'?

খল্লুরি লাম্বা কংলরোইদবা পুক্নিংহুদা করিগী ওইরীগদগে? অদুগা অমুকস্তু হংলি 'করিনো রীতা'? নুকথরম্বা মরু ভপ্পা হায়গৎলগা হায়রকই— যমুনা! ভামো রাজেন

মা মপাল লমদা চংখে, নত্রা? — নত্তে! ভামো রাজেন্দো মখোয়গা প্রী মেডিকেল তম্মীরবী ছাত্রী অমা চেন্ন্লক্লে হায়রগুম তোই। 'রীতা' রাইছেসি হায়রম্লগ, ভপ্পা ভপ্পা লেকথরক্লে। রীতা করি তৌগদগে খংদনা-যমুনা। যমুনা!! ইমা হো ইমা যমুনা করিনোমা তৌখে। 'যমুনা যমুনা' হায়দুনা রীতাদো তৌকম খংলক্লে। ইবেত্তোম মপান্দগী খুনা চেনশিল্লক্লুনা — রীতা! যমুনা করি তৌরবা? ইমাগী ইবেম্মা যমুনা মঙনা তৌরিবসি করিনো হায়দুনা মচাবু কোনখৎচৈ। মমাগী মত্তোদা রীতাগী থেমজিন রাইছেনা —ইমা! যমুনা করিস্তু তৌরোই। য়ারবদি ঈশিং থিত্তা লৌনিরুবা।

—ইবেম্মা ঈশিং হায়বরা, হায়দুনা হৌগৎতুনা ইবেত্তোন ইমুং চংখে। রীতা যমুনা মশা পাইদুনা ভপ্পা যমুনা! যমুন' কৌরি! ইবেম্মা ঈশিংসে হায়দুনা চাইশেল অমদা ঈশিং পুরক্লুনা মনাক্তা থমলি। 'কদাই ইমা' রীতানঃ যমুনাগী লৱাইদা ঈশিং য়ৈরী। অদুগা মমাইদ, খরস্তু থিকলি। রীতা 'যমুনা যমুনা' হন্না হন্না কৌরক্লে। ইবেত্তোনস্তু কৌরক্লে যমুনা! ইমাগী ইবেম্মা যমুনা। কাইনংদা যমুনা হুম হায়না খুম্নকলে। ইবেত্তোন — যমুনা! ইমাগী ইবেম্মা যমুনা, নঙনা তৌরিবসি করিগীনে? রীতাঃ যমুনা! নমিং পাং.থাকউ ঐনি রীতানি সে নমীং পাংথোকউ

ইবেঃ সে নমিং পাংথোকউ, ইমা লৈরে নঙবু করি তৌববগে? যমুনা ভপ্পা মমিং পাংথোক্লুনা লৈত্তুনা য়েংলক্লে।

- নঙবু করি তৌরবগে?

— ইমা! ঐ করিস্তু তৌদে।

— ইমাদি ইপা হেক পাখৎলুরেদনা, ইচা করিস্তু তৌরেদন

ককে ককে অতু ওইরবদি ইমাসু চাক থোংলুরগে। রীতা ওসিদি মওসু চাক চাখ্রগদৌবনি।

– ইমা য়ানিদা, হায়রীক্লসু।

– হায় ! ইমা চাক থোংবা চংলবনি মওসু চাক চাখ্রদৌবনি, হায়রুনা মপান থোকখ্রে, ইবেত্তোন।

– যমুনা ! নঙবু করি তৌররগে সে রা ভাংঙ্

যমুন – রীত ! নিংশিংবা রাখলতদা থম্মোয়দা তত্তনা ওংলরি। রাখল থেনবা মঙোন্দা রাখল লিশাং থারুবদি রানবা ওইরমলে।

রীতা – যমুনা অরাবা রাখল খল্লুরমুসে থম্মোয় শেংনা নিংজরবা মানা হুন্দোক্লনা চংপদি ওমলগা নঙনি করিগী ওমলোই। মঙোন্দগী হেনবা অমদা লৈথোকলগা লোইরে। মাগীদমক্তা করিগী রাবগে? মাগী মমাংদা গে-গে লাওনা হেক চংলগা লোইরে, মহৃবু করি তৌই হায়রবগে

যমুনা - রীতা মহুনা ফরগদ্রা (নোকফেত তৌজি)।

রীতা – কররবনি ইবেম্মা, মহুনা ফররবনি।

যমুনাগী থম্মোয়বু ফাজিল্লয়গা মুমিদাংবাইরম রীতা ময়ুমদা চংখ্রে। যমুনা রাখলগী ঈপাক্তা তাওহনা লৈরি, 'থম্মোয়গী চৈনা কনানসু খংবীফম থোক্তে, পুয়মক অসি কনাগী মরালনো? লোনম চাওবা মাগী অরেপ্পা পুকচেল চেল্লা খললুবা পাংলবা থম্মোয় ঐতগী ইরালনি। লোনম হৈবা মাগী রুভাংবু থাজরবা ঐতগী ইরালনি'॥

শগোলশেল

তাং ১১।৬।৮১ ইং,

ভাইৰং মাগী খোংচৎ কনানস্থু খণ্ডবা লৈতে। ঙসিনা কয়ি ওইৱিবা, হয়েংনা কয়ি ওইগদৌবা কনানস্থু নাচুংনুদে। ঙসিনা ঐগীনি, হয়েংনা মাগীনি লাননিংবা ভাইবংনা ৱাখলসিত্তা মখল্লি। ঐখোয়গী য়ুমদগীনা য়ুমলেং অসুমলোম চৎলগা সুমতিহোইগী ময়ুম লৈ। মাগী ময়ুম অশেংবদি নত্তে, মনেগী মনাক্তা লৈরিবনি। সুমতি থাপলবা লৱায় মচি অমদগীনি মকম অসিদা শৈদাংহনা লৈবনি। সুমতিগী মপাদো ইনে কবোক্লৈগী মনাওনি, হৌজিক মাগীনি হায়বদা কনা অমত্তা লৈতৱে। মপা অহনস্থু লংকৈ চৎখিবদগী অহুম হল্লকখিত্রে। মহুগী ৱাবনা মমা অহনস্থু সংসারগী অমম্বদা তিনখ্রে। পীদোল্লবীনি খল্লা সুমতিবু মনে

## লৈশাবী

কবোক্লৈনা নাওয়োক নাওকোনবীরিবনি। সুমতি অহুক হাক্লা ফজবা নত্রবস্থু হেক য়েংবদা মীগী পুক্লিং ওমহৎনিংঙাইগী শক্তম অমদি মাগী লৈরে। লুরবা মিস্লা অনিনা শজিগুম্বা মীগী মীতানি। পিক্লা লৈরিবা পীওয়া লিরুং শক্তম লৌরিবনি। খোই-খোং তারকপা শমলংগী মরক্তা অরোং-অফোং শায়রিবা শমক্রনা মুজা মাগী মাংথোংবু হেম্লা ঙংহল্লি। ময়ান লৈত্রবী মিস্লা অনিনা অউবা কনাদা লাংশাকপগুম্মী। মথোং কারকপা মতাংনি। য়েংবগী পেনব নাহদবা মতমনি। পিক্লা চেংবী খাংদা ফিজোললনা মখেল লাংনা শেৎপদি অউবা কনাদি ঙাওনরিব'ন। লৈকাইগী ঙাওশিন্নবা নহ য়োল কয়াদি সুমতিগী সুমৎয়াহদা ঙাওহনা লৈরি। লৈকাইগী নহারোলদি লাইরদনা ঐহাকমকস্থু সুমতিবু 'মীগী ওইখিদোবা পাম্মুইদা' খনবা মতাংস্থু য়াওখি।

মীপুম খুদিংনা ইনে কবোকলৈবু 'ইনে, ইনে' হায়না মীংগৌনৈ। "ইনে কবোকলৈ" ময়ামগী ইনেনী। মাগী থোঙ্গাল ময়াদা পোৎকম কমহনা লৈবনা ময়ামগী ইনে ওইরিবনি। পোৎ লৈ লৈদে খংদে মাগী পোৎকম ময়াদা লৈকাইগী নহারোল মথৈদি মুমিদাংয়াইরম হেক-হেক মপুল্লি।

করিগীনো হায়রবু সুমতিগী নিংথিবা শক্তমগী লাংদা থুরবা 'জিঞ্জুর থাংলখা চেক্লাগুম' চেক্লা কায়দোংকম থিরিবনি।

ভারকম্ন য়াত্রবা কুমগী নোং অম্বোয়মনা চুবগুম লমতা থাগী পুর্নিমাসু অহোয়মনা লাকখি। অঙাং-নুবী, হম্-হমা নৈশা পাখং কয়ানা খোরাংনা ভাইহরিবা 'য়াওশং কুম্মৈ' ঙসিদি মালেম ঙসিদা হৃংলরে। ঙসি য়াওশংগী মঙানি চনবা অমোইবা নুমিংনি। নৈকাইগী নৈশাবীশিংনা য়াওশং থাবলচোংনি হায়তুনা লাংমরি। ইনে কবোক্লৈগী পোংকম অহু ঙসিদি মীনা চীক্লা চাইনবা ঙমদবা মথৈ পুনলি নুমিদাংর ই অসিদা। নুমিংনা নোংচুপ মাইকৈয়োমদা মঙম শমদা নৈথত্রে। লক্ষ্মী চেনবী য়ুমগী মবেম্মশিংনা সন্ধ্যা য়াচংবগী ধুপ থাবগী মনম্যা নোংমদোন থক-খা নিল্লরে। মতম অসিদা নৈকাইগী নৈশাবীশিংনা থাবল চোংবা চংকদোবগী কেব লোইরে হায়রগা য়ুমথংনব মচে-মনেম কয়াবু কৌনরি।

'হো ইন্দোল চাওবী! ইন্দুবু থাবল চোংবা চংলোইদ্রা' হৈবেচা মঙদি ?

— দম্নমতি! ঙহাক্লা ভাইখো ঐ লাক্লে।

— 'লাকওনে করি তৌরিবনো। থাবল চোংবদি হৌখিদোরে'। নৈকাইগী নৈশাবী মখৈ লম্পাক তম্না লাক্লরে। লম্পাক মচাদো ঙসিদি মৈগী মৈঙাম্না দিপান্বিতাগী মৈঙালগুম পুমলং লংনা ঙানখে। হয়াও পুংখোলনা মাইকৈ মরিমক পুমনিল নিলখে। অঙাং নুবী কয়াসু মৈগী মৈঙালদা শান্নজরি। ভাইহাক্তী মমুংদা লম্পাক মচাদো থাবল চোংবগী মীয়াম্না পীক থনঙ্ক। মাইকত লাওরক্লে 'হৌজিক থাবল চোংবা হৌরগনি- মুপা মখৈনা অরাং মায়কৈদা অহুগা মুপানা -খা থংবদা'। ভাইহাক্তী তুংদা থাবল চোংবা হৌরে। সুমতিসু মাগী অরবা মখৈ কেন্তুনা ঙসিগী থাবল চোংবসি য়াওররি। সুমতি থোকপা উবদা মুপা মচাশিংনা থাবল চোংমিন্নগদোবগী চেনশিন্নরক্লে। মাবু খংদবা কনানা 'কনানো অসিদি' অসুম্না শোনবা য়াওখি। 'লাইরেল মতুং লেমলৈ ঙানা ইমবহ মঙাই' সুমতিগী তুংদা পাইরিবা মুপা মচা ময়ামসে থাবল

